# ব্রহ্মচর্য্য

( কর্ম্মগী লম্বী কৌবা ফোঙগদোরিবা লাইরিক্কগী
লোথোক্লগা ছাপা তৌজবা )

অইবা
শ্রীমৎপরমহংস পরিব্রাজকাচায
**শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি**
শাস্ত্রী,
বেদান্ত আচার্য্য, সিদ্ধান্তজ্যোতিষাচার্য্য

কোঙজবা—

জ্ঞান মন্দির,

ইম্ফাল।



অহানবা থুংনম — ১৯৭৩ ইং

লাইরিক মশীং—২০০০

 [ মমল লুপা ২·০০

নম্ফম—মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল।

# অকোঙবগী ৱারোল

শ্রীশ্রীপরমাত্মাগী কৃপাদগী "ব্রহ্মচর্য্য" কৌবা লাইরিক মচা অসি নম্বা লোইরদুনা ইবুংঙো-ইবেম্মশিংগী খুত্তা·হাপচরি। লাইরিক মচা অসি শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজীনা ইবা "কর্ম্মগী লম্বী" কৌবা, ফোঙগদৌরিবা লাইরিক অদুদগী লৌথোকলগা ফোঙজবনি। মরমদি ব্রহ্মচর্য্য সাধন অসিতনা পুন্সিগী খোঙথাং খুদিংগী মহয় য়াম্নবা উপায়নি, অদুনা মীপুম খুদিংনা মসি খংলগা চৎপা য়াম্না কান্নগনি। মসিদগী ওইবতাই স্বামীজীনা তোপ্পা লাইরিক মচা অমা ওইনা ফোঙলবদি মীপুম খুদিং য়োৌহনবা ঙমগনি অমসুং য়াম্না কান্নগনি হায়না তাকপিরকপা। মসি চেৎনা থাজবদগী জ্ঞান মন্দিরনা "ব্রহ্মচর্য্য" অমসুং "কর্ম্মগী লম্বী" অনিমক মথং মথং ফোঙনবা ৱারেপ লৌই। তৌইগুম্বসুং মতৌক চাবা ফগু লৈতবদগী খুদক্তা থবক চৎথবা ঙমখিদ্রবসু ধর্ম্ম লৈবা, পুকচেল চাউবা ইচিন-ইনাউশিংনা শেলগী তেংবাং পীবিরকপা অমসুং মণিপুর সরকারনা অহোঙবা মমলদা, লাইরিক অনিমকপু নম্বা ওক্লনবা চে পীনবিরকপদগী থবক চৎথবদা লুনা থোক্লে; "কর্ম্মগী লম্বী"সু য়াম্না থুনা ফোঙজরগনি।

পূজ্য স্বামীজী মণিপুরদা পোকপা মীতৈ মচানি। চহি ৪৪গী মমাঙদগী মণিপুর থাদোকখ্রবনি অমসুং সন্ন্যাস আশ্রমদা লৈখ্রবনি। মহাক্কী কৃপাদগী জ্ঞান মন্দিরনা "ভক্তিগী লম্বী" অমসুং "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক অনীসু ফোঙজখ্রবনি। হৌজিক ফোঙজরিবা "ব্রহ্মচর্য্য" কৌবা লাইরিক মচা অসিনা মণিপুরদা লৈরিবা ইবুংঙো-ইবেম্মাশিং অমসুং ছাত্র-ছাত্রীশিংদা শোয়দনা কান্নগনি হায়বা

অসি ঐখোয়না থাজৈ। পূজ্য স্বামীজীনা ইবা, ফোঙথ্রবা অমদি ফোঙলক্কদৌরিবা লাইরিকশিংদা য়াওরিবা বেদগী মন্ত্র অমদি শ্লোক-শিং অদু পাবদা হৈনবিদবা কনাগুম্বনা মৈতৈলোনগী শরুক অদুদং পাবিবনস্থু মপুং ফাবা অর্থ ফংবিগনি।

অরোইবদা লাইরিক অসি নম্বা ঙম্নবা শেলগী অমসুং চেগী তেংবাং পীনবিরকপা ভদ্রলোকশিং অমসুং মণিপুর সরকারবু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি। জ্ঞান মন্দিরগী সেক্রেটরী অমসুং সদস্য-শিংনা অহনবা লৈতনা নোম্বীদুনা থবক অসি পাঙথোকপা ঙম্নবা তেংবাংবি। মসিগীদমকস্থ নুংঙাইবা ফোঙদোকচরি।

জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল
তাং ১।৭।৭৯ ইং

ডাক্তর, শ্রীহাওবম বারুণী সিংহ
প্রেসিডেন্ট, জ্ঞান মন্দির, মণিপুর।

ওঁ শ্রীগণেশায় নমঃ

# ব্রহ্মচর্য্য

---

ব্রহ্মচর্য্যগী অশেংবা অর্থ করিনো হায়বসি অহানবদা খণ্ডসি। য়াম্না চাউবা পোৎপু ব্রহ্ম কৌই। শব্দকোষকী মতুং ইন্না ব্রহ্মগী অর্থ—"বেদস্তত্ত্বং তপো ব্রহ্ম"— জ্ঞান পূম্নমক থন্দুনা লৈবা মরমদগী য়াম্না চাউবা বেদ, তত্ত্ব (চৈতন্যগী মশক ওইবা অমসুং মফম পুম্নমক শীন্দুনা লৈবা পরমাত্মা পরব্রহ্ম), অমসুং তপ (মহয় য়াম্না চাউবা পুণ্যকর্ম্ম) অহুম অসিনি ; অতুগা চর্য্যগী অর্থ— আচরণ তৌবনি (লমচৎ চৎপনি)। অর্থ অসিগী মতুংইন্না—বেদ তম্বা, পরমাত্মা পরব্রহ্মবু খংনবা অমসুং অচৌবা পুণ্য ওইবা থবকশিংবু তৌনবা লমচৎ চৎপসি ব্রহ্মচর্য্যনি, অতুগা লমচৎ অদু চৎলিবা মী অদুবু ব্রহ্মচারী হায়না কৌই। অহুম অসিবু নীংথিনা তৌনবগীদমক মমাংঙৈদা সনাতন ধর্ম্মগী মতুং ইন্না ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম, গৃহস্থ আশ্রম, বানপ্রস্থ আশ্রম অমসুং সংন্যাস আশ্রম হায়না, আশ্রম মরিথোরা খায়দোকলম্মি। মতুদা চঙজদুনা লৈরগা আচরণ তৌননবা মফম অদুবু আশ্রম হায়না কৌই। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈরগা বেদনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রগী লাইরিক পুম্নমকপু তমগদবনি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি মসি চৎনদ্রে, বেদ কৌবা লাইরিক কদায়নো হায়বসি ফাওবা মী অয়াম্বনা খঙনদ্রে। মতমগী মতুং ইন্না অতোপ-অতোপ্পা লাইরিক-লাইশু তমখ্রে। অদুম্মক ওইদুনসু অতোপ্পা লাইরিক-লাইশু তম্বা অসিসু ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈরগা তমগদবনি। নত্রবদি মতুসু কনা অমত্তা নীংথিনা তম্বা ঙম্লোই। মফম পুম্নমক ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম ওইবা

য়াই ; য়ুমস্থু ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম ওইবা য়াই। শূপ্না লাইরিক-লাইশু তম্বা মতমদা তৌগদবা ( চংকদবা ) আচরণ ( লমচৎ ) অদু নীংথিনা ঙাক্লবদি লৈরিবা মফম পূম্নমক অদু ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমনি। হায়রিবা ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম অসিদা চহী ২৪, ২৫ শুবা ফাওবা লৈদুনা নীংথিনা লাইরিক লাইশু তম্লগা মতীক চানা অহল-লম্মন, লাই-গুরুশিংবু য়োক-থাক্লবা অমস্থুং ঙাক-শেন্নবা শেল তানবা ঙম্লবা মতমদা গৃহস্থ আশ্রমদা চঙগদবনি। মসিবু মনুনা অস্থুম্না হায়রি :—

**চতুর্থমায়ুষো ভাগমুষিত্বাদ্যং গুরৌ দ্বিজঃ।**
**দ্বিতীয়মায়ুষো ভাগং কৃতদারো গৃহেবসেৎ ॥**

( মনুঃ ৪। ১)

"পুন্সিবু শরূক মরি থোক্লা খায়রগা (পুন্সি অসি চম্না চহী ১০০ নি হায়না য়ানৈ ) অহানবা শরূক অমা ( চহী ২৫ শুবা ফাওবা ) লাইরিক লাইশু তমদুনা লৈরগা, পুন্সিগী অনী-শুবা শরূক হায়বদি চহী ২৬ তগী চহী ৫০ নত্রগা ৫৫ শুবা ফাওবা, নুপী থিরগা য়ুম পান্দুনা লৈগদবনি।"

গৃহস্থ আশ্রম অসিদা লৈবা মতমদা য়াম্না খাঙদুনা, নোমদুনা অমস্থুং হোৎনদুনা ঙমজবা মখৈ অপীক-অচৌ নাইদনা পুণ্যগী থবক পূম্নমক তৌদুনা লৈগদবনি। মদুগীদমক বেদগী কর্ম্ম-কাণ্ডনি। মদুগী মতুংদা বানপ্রস্থ আশ্রমদা চহী ৭৫ শুবা ফাওবা নুপী-নুপা অনীমক তিন্নদুনা অচীকপা অশেংবা মফমদা লৈরগা লাই নীংবনচিংবা অফবা থবক তৌদুনা লৈগদবনি। মদুগীদমক বেদগী উপাসনা কাণ্ডনি। মদুগী মতুংদা হিংদুনা

লৈরবদি মুপী-নহা থাদোক্লুনা পরমাত্মা পরব্রহ্মগী চিন্তন ( ৱাখল ) তৌহ্নুনা মাবু ফংননবগীদমক সংন্যাস আশ্রমদা চঙগদবনি। মসিগী-দমক বেদগী জ্ঞানকাণ্ডনি। মতৌ অস্নুম্না বেদগী মন্নুংদা কর্ম্ম-কাণ্ড, উপাসনাকাণ্ড অমস্নুং জ্ঞানকাণ্ড শরুক অহুম থোক্লা খায়রি। বানপ্রস্থ অমস্নুং সংন্যাস আশ্রমগী মরমদস্নু মন্নুনা অস্নুম্না হায়রি —

**বনেষু চ বিহৃত্যৈবং তৃতীয়ং ভাগমায়ুষঃ।**
**চতুর্থমায়ুষো ভাগং ত্যক্ত্বা সঙ্গান্ পরিব্রজেৎ॥**
**অধীত্য বিধিবদ্বেদান্ পুত্রাংশ্চোৎপাদ্য ধর্ম্মতঃ।**
**ইষ্ট্বা চ শক্তিতো যজ্ঞৈর্মনো মোক্ষে নিবেশয়েৎ॥**

( মনুঃ ৪। ৩৩, ৩৬ )

"অচীকপা অশেংবা মফমদা পুন্সিগী অহুমশুবা শরুক লেল্লগা মরিশুবা শরুক্তা মুপী-নহা পুম্নমক থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌগদবনি। লাইরিক-লাইশু নীংথিনা তম্লগা ধর্ম্ম কায়দনা মচা-মশু পোক্লবা মতুংদা ঙম্বা মখৈ লাই নীংবনচিংবা তৌহ্নুনা মোক্ষ ফংননবা পূক্নীং থিংজিনগবনি।"

মন্নুনা হায়রিবা নিয়ম অসি মী পুম্নমক্কী ওইনা চম্না হায়বনি। শোয়দনা মতৌ অস্নুম্না মী পুম্নমক্না চত্তবা য়াদে হায়বা নত্তে। কনাগুম্বা মীনা পাম্লবদি পুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচারী ওইহ্নুনা লৈবস্নু য়াই। অসিগুম্বা মীবু নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী হায়না কৌই। সন্ন্যাস লৌনীংলবস্নু করিগুম্বা আশ্রম অমদগী লৌবা য়াই। মসিবু শ্রুতিনা অস্নুম্না তাকলি—"ব্রহ্মচর্য্যং পরিসমাপ্য

গৃহী ভবেৎ, গৃহী ভূত্বা বনী ভবেৎ, বনী ভূত্বা প্রব্রজেৎ। যদি বেতরথা ব্রহ্মচর্য্যাদেব প্রব্রজেদ্ গৃহাদ্বা বনাদ্বা। যদহরেব বিরজেৎ, তদহরেব প্রব্রজেৎ॥" (জাবালোপানিষৎ—৪)

"ব্রহ্মচর্য্য লোইরবা মতুংদা গৃহস্থ ওইগদবনি, গৃহস্থ ওইরবা মতুংদা বানপ্রস্থ ওইগদবনি, বানপ্রস্থ ওইরবা মতুংদা সন্ন্যাস লৌগদবনি। নত্রগা ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী সন্ন্যাস লৌবা য়াই; গৃহস্থ আশ্রম নত্রগা বানপ্রস্থ আশ্রমদগীসু সন্ন্যাস লৌবা য়াই। করিগুম্বা মতমদসু পূক্নীংদা থাঙ্গৈশেংনা য়াম্না বৈরাগ্য ওইবা নুমিৎ অদুমক্তদা সন্ন্যাস লৌবা য়াই।"

মন্নুনা হায়রিবা রা অসিদসু অহল ওইরবা মতমতদা লাই নীংবনচিংবা তৌ অমসুং মোক্ষ পামউ হায়বা নত্তে। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী হৌদুনা পরমাত্মাবু ফংবা অসি লক্ষ্য (অথোইবা মথৌ) ওইনা থমগদবনি, মদুগী দমক মতম অদুদগী হৌদুনা হোৎনগদবনি নত্রবদি গৃহস্থ আশ্রমদা পুণ্যকর্ম্ম তৌ হায়না তাকপা অরেম্বদা তাগনি। লাইরিক-লাইশু তম্বা মতমদা বিঃ এঃ, এমঃ এঃ বু লক্ষ্য তৌদুনা থমলগা ক্লাস নাইনা মথং মথং চংখৎপগুম্না মফম অসিদসু পরমাত্মা ফংববু লক্ষ্য থমলগা ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী হৌদুনা মথং মথং চংখৎকদবনি। মদুতদা পুন্সি অসি নীংথিনা মহয় য়ানবা ঙমগদবনি।

হৌজিক ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদগী হৌদুনা সন্ন্যাস আশ্রম ফাওবদা তৌগদবা আচরণ (চৎকদবা লমচৎ) অদু করিনো হায়বা অসিগী মরমদা বিচার তৌসি। মী পুম্নমক্না খঙনরি, মদুদি—

পী-নহানচিংবগী মফমদা পুক্রীং য়াম্না থিংজিন্দুনা লৈবা, মখোয়বু তম পুম্নমক্তা খনবা, মখোয়গী মরমদা ৱারী-ৱাতায় শানত্নুনা লৈবা, মখোয়গা লোয়ননা তিন্নত্নুনা লৈবা অমস্তুং মখোয়গা লোয়ননা তিন্নবগীদমক উপায় তৌবা (থিবা) অসিনচিংবা পুম্নমক অসিনা মী অদুবু অতোপ্পা অফবা থবক অমত্তা তৌহনবা মহন্দে। মদুদগী মী অদু নত্ত-নত্তবা থবক তৌশিল্লক্লুনা মাগী তৌগদবা মখো পুম্নমক থাদোকই, অহিং-নুংথিল নাইদনা মাগী নুংশিবগী ৱাশিং অদুতা খন্দুনা লৈ। মসিনা মরম ওইত্নুনা মহাক মশাগী পুন্সি অদু পাপ ওইবা থবক তৌদুনা অরেম্বদা তাহল্লি, চাওখংনবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে, অদুগা মাগী পুন্সি অদুস্তু য়াম্না তেল্লী, শিরবা মতুংদস্তু তৌখিবা পাপ কর্ম্মগী মতুং ইন্না ফত্তবা মপোক ফংই। মতো অস্তুম্না হিংদুনা লৈরি-চৈগী মংমদস্তু অমস্তুং শিরবা মতুংদস্তু য়াম্না লৈখা তাই। মরম অসিনা নুপী নুপা অনীমক্না জননেন্দ্রিয় (নুপা-নুপীগী অথুপ্পা মফমশিং) লাকশিন্দুনা থম্নবগী মশক ওইবা লমচৎ অসি শোয়দনা ংকদবনি। লমচৎ অসি নীংথিনা চৎলবতদা মী অদু মানা তৌনীংবা অফবা থবক পুম্নমক ফজনা তৌবা ঙমগনি। ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈত্নুনা লাইরিক-লাইশু তম্বা মতমদদি নুপীনা য়ামদ্রদা চহী ২০ শুবা ফাওবা, অদুগা নুপানা চহী ২৫ শুবা ফাওবসি শোয়দনা অমস্তুং লেঙদনা জননেন্দ্রিয়বু লাকশিন্দুনা থমগদবনি, মসিগী মরমদা পুক্রীংদা ফাওবস্তু খল্লোইদবনি। মতুংগী আশ্রমশিংদস্তু মসি ঙাক্লুনা লৈগদবনি। মরম অসিদগী মসিবু ব্রহ্মচর্য্য

হায়না কৌরিৰনি। মসিগী মরমদা যোগ ভাষ্যকারনা অস্মুমা হায়রি—"ব্রহ্মচর্য্যং গুপ্তেন্দ্রিয়স্যোপস্থস্য সংযমঃ" "খুপ্পুনা লৈবা, জননেন্দ্রিয়বু লাকশিন্দুনা থম্বা অসি ব্রহ্মচর্য্যনি।" অদুবু মসি লাকশিন্দুনা থম্বা অসি অতোপ্পা ইন্দ্রিয়শিংগী মতেং লৌদনা কদৌৰেদস্সু ওইথোক্তবা অমনি। অতোপ্পা ইন্দ্রিয়শিংবুস্সু লাক-শিল্লবতদা মসি লাকশিনবা ঙমগদবনি। মরম অসিনা অশেংবা ব্রহ্মচর্য্য করিনো হায়বা অসি দক্ষস্মৃতিদা অস্মুমা তাক্লি—

**স্মরণং কীর্ত্তনং কেলিঃ প্রেক্ষণং গুহ্যভাষণম্।**
**সংকল্পোঽধ্যবসায়শ্চ ক্রিয়া নির্বৃত্তিরেব চ॥**
**এতন্মৈথুনমষ্টাঙ্গং প্রবদন্তি মনীষিণঃ।**
**বিপরীতং ব্রহ্মচর্য্যমেতদেবাষ্ট লক্ষণম্॥**

(দক্ষস্মৃতি ৭। ৩২, ৩৩)

"(১) নুংশিবী নুপীবু নত্রগা নুংশিবা নুপাবু পুক্নীংদা নীংবা, (২) মাগী মরমদা থাগত্তুনা ঙাঙ-শকপা, (৩) মাগা লোয়ননা শান্ন-খোংনবা, (৪) মাবু য়েংবা (৫) মাগা লোয়ননা অথূপ্পা ৱা ঙাঙনবা (৬) মাবু ফংননবা ৱাখল তৌবা, (৭) মাবু শোয়দনা ফংগে হায়না পুক্নীংদা লেপ্পা অমস্মুং (৮) থাক্সেশেংনা অনীমক তিন্নবা—হায়রিবা নীপাল অসিবু ৱাখল চাউবা মীশিংনা মৈথুনগী (নুপা-নুপী তিন্নবগী) অঙ্গনি (শরুক্লি) হায়। মসিদগী ওন্ন-তৈননা চৎপবু ব্রহ্মচর্য্য কৌই।"

মরম অসিনা ব্রহ্মচর্য্য অসিস্সু শরুক নীপাল তিন্দুনা ওই, হায়বদি—পুক্নীংদা নীংদবা, থাগত্তবা, তিন্ন-তোংনদবা, য়েংদবা,

অথূপ্পা রা ঙাঙনদবা, ব্লাখল খল্লুদবা, ফংগে লেপ্তবা অমস্তুং শম্নদবা নীপাল অসি তিল্লবদি ব্রহ্মচর্য্য মপূং ফায়।

বেদ, পুরাণ, স্মৃতিনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রশিংদা ব্রহ্মচর্য্য অসিগী মতীক মগুণ য়াম্না থাগৎলি, অমস্তুং মসিবু নীংথিনা ঙাক্লবদি সংসার অসিদা তৌবা ঙম্মোইদবা থবক অমত্তা লৈতে হায়রি। অথর্ব্ব বেদদদি ব্রহ্মচর্য্যগী অচৌবা মগুণবু তাকপা ঈতোপ তোপ্পা সূক্ত অমা লৈ ; মহূ ( অথর্ব্ববেদ কাণ্ড ১১। ৫। ১-২৬ ) "ব্রহ্মচর্য্য সূক্ত" কৌই। মহুদা অস্তুম্না হায়রি—

**ব্রহ্মচারীষ্ণংশ্চরতি রোদসী উভে,**

**তস্মিন্ দেবাঃ সংমনসো ভবন্তি ॥ ১ ॥**

"ব্রহ্মচারী মহাক্লা নীংবা মতুং ইন্না পৃথিবীদগী দ্যুলোক ( স্বর্গ ) ফাওবদা লৈরিবা পোৎ পূম্নমক ফংহনা অমস্তুং মহুদা চত্তুনা লৈ, মরম অহুদগী লাই পূম্নমকসু ব্রহ্মচারীগী মনুংদা চঙহনা মাগী পূক্নীংগী মতুং ইন্না লৈ।"

**ব্রহ্মচারিণং পিতরো দেবজনাঃ**

**পৃথগ্ দেবা অনুসংযান্তি সর্ব্বে ॥ ২ ॥**

"পিতর ( পিতৃলোক্তা লৈবা লাই ), দেব, গন্ধর্ব্ব অসিনচিংবা লাই পূম্নমক ব্রহ্মচারীগী মতুং ইন্দুনা চৎলি।"

**পূর্ব্বো জাতো ব্রহ্মণঃ ব্রহ্মচারী**

**ঘর্ম্মং বসানস্তপাসোদতিষ্ঠৎ ॥ ৫ ॥**

"জ্ঞান ( ব্রহ্ম ) ফংদ্রিবগী মমাঙদা ব্রহ্মচারী শোয়দনা ওইগদবনি ; ব্রহ্মচারী হুমাং তানা নোমদুনা তপ তৌবদগী ( লাইরিক নীংথিনা তম্বদগী ) খ্বায়গী মকোক ওইদুনা হৌগৎলি।"

**স সদ্য এতি পূর্ব্বস্মাদুত্তরং সমুদ্রং**
**লোকান সংগৃভ্য মুহুরাচরিক্রৎ ॥ ৬ ॥**

"মখোই অসুম্না ব্রহ্মচারী অদুনা লাইরিক-লাইশু হৈদুনা য়াম্না ফাওবা ওইরগা মী পূম্নমকপু খোমজিন্দুনা মখোয়বু অফবা লম্বী তাক্নুনা পূক্লীং চাওখৎহল্লি, মতুদগী মহাক য়াম্না গুনমক নোংপোক থংবা সমুদ্রদগী অরাং থংবা সমুদ্র ফাওবা হন্না হন্না চংলি ( মাগী মমিং য়াম্না ফাওই )।"

**আচার্য্যো ব্রহ্মচারী ব্রহ্মচারী প্রজাপতিঃ ॥ ১৬ ॥**

"লাইরিক-লাইশু তম্বীরিবা আচার্য্য ( ওঝা ) ব্রহ্মচারী ওইগদবনি অদুগা প্রজাপালক ( লৈবাক ঙাক্নুনা লৈরিবা ) অঙম-অথৌসু ব্রহ্মচারী ওইগদবনি ( যূম পান্দুনা লৈরবসু ঋতু মথমদা, মতম চানা, অনীবক অহুমলক্তং নুপীগা তিন্নদুনা লৈবা যূগ্মানদা মী ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈ।"

**ব্রহ্মচর্য্যেণ তপসা রাজা রাষ্ট্রংবিরক্ষতি।**
**আচার্য্যো ব্রহ্মচর্য্যেণ ব্রহ্মচারিণমিচ্ছতে ॥ ১৭ ॥**

"মরমদি ব্রহ্মচর্য্যাগী মশক ওইবা তপ তৌদুনা রাজানা ( লৈবাক ঙাকপা অঙম-অথৌনা লৈবাকপু নীংথিনা ঙাকপা ঙম্মি ( নুপী-নহাদা য়াম্না পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা কনা অমত্তনা লৈবাক ঙাকপা ঙমদে হায়বা অসি ইতিহাসনচিংবদা ফাওরিবনি )।

অদুগা মশামক ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈবা ওঝা ব্রহ্মচারী ওইবা ছাত্রবু পামই।"

**ব্রহ্মচর্য্যেণ কন্যা যুবানং বিন্দতে পতিম্ ॥ ১৮ ॥**

"লৈশাবী মচাসু মশামক ব্রহ্মচর্য্য চত্তূনা লৈরগা লাইরিক-লাইশু নীংথিমা তমদুনা অফবা পাথং মচাবু মপুরোইবা ওইনা ফংবা ঙম্মি।"

**ব্রহ্মচর্য্যেণ তপসা দেবা মৃত্যুমপাঘ্নত ॥ ১৯ ॥**

"ব্রহ্মচর্য্যগী মশক ওইবা তপ তৌরগা লাইশিংনা মৃত্যুগী (অশিবগী) মথক্তা জয় তৌই।"

**তান্ সর্ব্বান্ ব্রহ্মরক্ষতি ব্রহ্মচারিণ্যাভৃতম্ ॥ ২২ ॥**

"ব্রহ্মচারীদা লৈরিবা জ্ঞান অদুনা মী পুম্নমকপু ঙাক-শেন্দুনা লৈ।"

**ব্রহ্মচারী ব্রহ্মভ্রাজদ্বিভর্ত্তি, তস্মিন্**
**দেবা অধি বিশ্বে সমোতাঃ ॥ ২৪ ॥**

"ব্রহ্মচারী মঙাল য়াম্না লৈবা জ্ঞান লৌদূনা লৈ, মরম অসিদগী ব্রহ্মচারীদা লাই পুম্নমক তিন্দুনা লৈরিবনি।"

**ব্রহ্ম বৈ মৃত্যবে প্রজাঃ প্রাযচ্ছৎ**
**তস্মৈ ব্রহ্মচারিণমেব ন প্রাযচ্ছৎ ॥**

(যজুঃ শতঃ ব্রাঃ ১১।৩।৩।১)

"পরমাত্মা ব্রহ্মনা মৃত্যু (যম) গীদমক প্রজা পুম্নমকপু পী (জীবপুম্নমকপু পোকপা শিবা নাইহল্লি), অদুবু মহাক্কীদমক সুপ্না ব্রহ্মচারীবুদি পীদে।"

মতৌ অস্থুম্না বেদগী মন্ত্রশিং অসিদগী ঐখোয়না ব্রহ্মচর্য্য অসি মতীক মগুণ কয়ামুক চাউবগে হায়বা অসি খঙবা ঙম্মি। অদুগা আত্মতত্ত্ব খঙনবা উপায়শিংগী মনুংদস্থু ব্রহ্মচর্য্য অসি অথোইবা উপায়নি হায়না তাক্লি—

**সত্যেন লভ্যস্তপসা হ্যেষ আত্মা**
**সম্যগ্ জ্ঞানেন ব্রহ্মচর্য্যেণ নিত্যম্ ॥**

( মুণ্ডঃ উঃ ৩। ১। ৫)

"আত্মা অসি অচুম্বা ঙাঙবা তপ তৌবা অমসুং মতম পুম্নমক্তা ব্রহ্মচর্য্য ঙাক্লুনা লৈবদগী অশেংবা জ্ঞান্না মরম ওইদুনা ফংবা ঙম্মি।"

**ব্রহ্মচারিব্রতে স্থিতঃ ...... মৎসংস্থামধিগচ্ছতি।**

( গীতা ৬। ১৪, ১৫ )

"ব্রহ্মচারীগী ব্রতদা লৈবা মী ঐগী (ভগবানগী) স্বরূপ ফংই।"

**যদিচ্ছন্তো ব্রহ্মচর্য্যং চরন্তি ॥** ( গীতা ৮। ১১ )

"পরমাত্মাবু ফংনীংবা মী, ব্রহ্মচর্য্য তৌদুনা লৈ।"

পুরাণশিংদস্থু মসিগী মতীক মগুণ য়াম্না লাউরি। হরিবংশ পুরাণদা উর্ব্ব কৌবা ঋষিনা অস্থুম্না হায়রি—

**ব্রহ্মচর্য্যং সুচরিতং ব্রহ্মাণমপি চালয়েৎ ॥ ৩৩ ॥**
**ব্রহ্মচর্য্যং পুরস্কৃত্য প্রার্থয়ন্তে পরাংগতিম্ ॥ ৩৬ ॥**
**ব্রহ্মচর্য্যে স্থিতং ধৈর্য্যং ব্রহ্মচর্য্যে স্থিতং তপঃ ॥ ৩৮ ॥**
**নাস্তি লোকে যশোমূলং ব্রহ্মচর্য্যাৎ পরং তপঃ ॥ ৩৯ ॥**

**তন্নিগৃহ্যেন্দ্রিয়গ্রামং ভূতগ্রামং চ পঞ্চকম্।**
**ব্রহ্মচর্য্যেণ বর্ত্তেত কিমতঃ পরমং তপঃ ॥ ৪০ ॥**

( হরিবংশ পর্ব্ব অঃ ৪৫ )

"নীংথিনা চৎলিবা ব্রহ্মচর্য্য অসি ব্রহ্মা ফাওববুস্ন মিপাই-হল্লি ( নীকহল্লি ) ॥৩৩॥ ব্রহ্মচর্য্যাবু অথোইবা ওইনা মাগুদা থারগা পরম গতিবু ( মোক্ষবু ) ফংবা ঙম্মি ॥ ৩৭ ॥ ব্রহ্মচর্য্যদা ধৈর্য্য খাণ্ডবা ছম্নবা শক্তি ) লৈ, ব্রহ্মচর্য্যদা তপ লৈ ( মসি লৈত্রবদি অকনবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে ) ॥ ৩৮ ॥ সংসার অসিদা ব্রহ্মচর্য্য নত্তুনা মিং চৎনবা মরু ওইবা তপ ( অকনবা থবক ) অমত্তা লৈতে ॥ ৩৯ ॥ মরম অসিনা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু লাকশিন্দুনা রূপ-রসনচিংবা বিষয় মঙাদা পুক্নীং থিংজিন্দনা ব্রহ্মচর্য্যা তৌহনা লৈগদবনি। মসিদগী হেনগৎপা ( করম্বা ) তপ লৈগনি ॥ ৪০ ॥

**মূলং হি সর্ব্বধর্ম্মাণাং ব্রহ্মচর্য্যং পরং তপঃ।**
**মূলশ্রী প্রোচ্যতে ব্রাহ্মী ব্রহ্মচর্য্য স্বরূপিণী ॥**
**সর্ব্ব যোগময়ী পুণ্যা সর্ব্ব পাপাপহারিণী।**
**শুভা সমস্ত সিদ্ধীনাং হেতুঃ সেয়ং প্রকীর্ত্তিতা ॥**

( স্কন্দ পুঃ রেবা খণ্ড অঃ ১৯৪ । ২৪, ২৫ )

"ব্রহ্মচর্য্য অসি ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মরুনি, অথোইবা তপনি অদুগা ব্রহ্মাগী মরু ওইবা শ্রী ( অফবা জ্ঞান ফংনবা অথোইবা উপায়গী মশক ওইবী শক্তি ) ব্রহ্মচর্য্যগী মশক্তি হায়নৈ। মসি যোগ পুম্নমক্কী মশক্তি, পুণ্য ওইবীনি, পাপ পুম্নমকপু মাঙহনবীনি, সিদ্ধি পুম্নমক্কী মরম ওইবীনি অমসুং মসি অশেংবা শক্তিনি হায়না ব্রহ্মচর্য্যবু ঋষিশিংনা হায়।"

**ব্রহ্মতেজোময়ং শুক্রং যস্য সর্ব্বমিদং রসঃ।**

( মহাভাঃ শান্তিঃ অঃ ২৪০ । ৯

"বীর্য্য মৈগী মশক ওইবা ব্রহ্মনি, রস পূম্নমক অসিস্তু মদুগীনি।
মরম অসিনা যোগদর্শনদস্তু অসুম্না তাক্লি:—

**ব্রহ্মচর্য্য প্রতিষ্ঠায়াং বীর্য্যলাভঃ** ( ২। ৩৮ )

"ব্রহ্মচর্য্য নীংথিনা ভাক্লবদি পাঙ্গল য়াম্না ফংই।"

মতৌ অসুম্না বেদনচিংবনা হায়রিবা ব্রহ্মচর্য্য অসি মরু ওই লাইরিক তমহুনা লৈরিবা ছাত্র অমস্তুং ছাত্রীশিংগীদমকনি অহুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি কনা অমত্তনা মসিগী মরমদা খল্লুব তৌদ্রে। নত্ত-নত্তবা থবক্তা তৌহুনা পুন্সিগী মক ওইবা ছাত্র-ছাত্রী জীবন অসিবু অরেম্বদা মাঙহল্লী। ছাত্র-ছাত্রী জীবন অসিদা লাইরিক লাইশু নীংথিনা তম্বগী মরমদা মখোয়গী পূক্নীং অহু থিংজিন্দুনা থম্লবদি লেমহৌরিবা পুন্সি অহু নুঙাইনা লেনবা ঙমগদবনি নল্লবদি অরাবদা ফংহুনা অরেম্বা তাগদবনি। অয়াম্বা ছাত্রশিংনা মখোয়গী মথৌ করিনো হায়বা অসি করিমত্তা খন্দে। কুঁপী নহা ভিন্নবগী হোৎনহুনা লৈবনা মখোয়গী মথৌ ওইনা তৌই। মখোয়না মসি পূম্নমক অসি থাদোক্লুনা "ঐখোয়দগী" লৈবাক্কী করি কান্নবা ওইগদগে হায়বসি শোয়দনা খনগদবনি। হৌজিক্কী মতমদা কনা কনাগুম্বা পাথং মচাশিংদি তৌহৈদবা থবকপুস্তু তৌহুনা লৈ। মখোয়গী মরমদা শাস্ত্রনা অসুম্না হায়রি—

**যথা স্তেনো যথা ভ্রূণহৈবমেষ ভবতি**
**যো অযোনৌ রেতঃ সিঞ্চতি ॥**

( কৃষ্ণ যজুঃ তৈত্তিঃ আরণ্যক প্রঃ ২ । ৮ )

"সনা হূরানবদা অমসুং গর্ভপাত ( অঙাং য়ৈথবা ) তৌবদা লৈবা পাপ অদুগা চপ মান্নবা অযোনিদা ( নুপীগী গুপ্তইন্দ্রিয় নত্তবদা ) বীর্য্য তাহনবা মীগী পাপ লৈ।"

**যেতু মূঢ়া দুরাচারা বিযোনৌ মৈথুনে রতাঃ।**
**পুরুষেষু সুদুষ্প্রজ্ঞা ক্লীবত্বমুপযান্তিতে ॥**

( মহাভাঃ অনুঃ ১৪৫ । ৫২ )

"নুপা ওইবশিংগী মনুংদা য়াম্না ফত্তবা রাখল তৌহুনা লৈবা, য়াম্না পঙবা, ফত্তবা লমচৎ চৎপা অমসুং নুপী নত্তবা অতোপ্পগা শম্নহুনা লৈবা মখোয় অদুদি শোয়দনা নপুংসক ওই ( নুপীসু নত্তবা নুপাসু নত্তবা অনিগী মরক্তা লৈবা মীওই, হায়বদি মহাক নুপা ওইবগী থবক অমত্তা নীংথিনা তৌবা ঙমদবা মী ওই )।"

ছাত্রগী জীবন অসি য়াম্না মরু ওইবা জীবন্নি। মশাগী ইমুংগী লৈবাক্কী চাওখৎপসি মখোয়গী মখা পোন্দুনা লৈরিবনি। লরায়দা লৌউ-শীংউ তৌহুনা লৈবা মী মশাগী অমসুং ইমুংগী খরা চাওখৎনবা তৌহনা লৈরবসু লৈবাক্কী চাওখৎপা অসিদি লাইরিক-লাইশু নীংথিনা হৈ .লীশিং শিংবা মীশিংদগী ওই। লৌশিং শিংবা মীনা য়াম্না কন্না নোমলবগদা অমসুং খঙদবা অপঙবা মীবু খঙহন্দুনা তাকলবতদা অদুগা লৈবাক্কী চাওখৎনবা থবক

তৌহল্লবতদা লৈবাক চাওখৎপা ঙমগদবনি। মখোয়না মরৈবাক্কা লায়রহ্না লৈরিব'সিগী মরমদা খনগদবনি অমস্তুং লায়রবহু কোক্ল-নবা উপায় থিগদবনি। লৈবাক্কী লায়রবগী মরু ওইবা মরম লৈবাক অহুদগী মপান্দা শেল য়াম্না চৎখিবা অমস্তুং মপান্দগীদি শেল য়াম্না লাক্লবননি। চৎখিবনা য়াম্বা অহুগা অরাকপনা য়াম-ত্রবদি লায়রবা ময়েক্লা তাবনি। মী অমনা থা খূদিংদা লুপা ৩০ তাল্লগা, থা খূদিংদা লুপা ৪০ চাদিং তৌরবদি, লুপা ১০ পূহ্না চাদিং তৌবা তাই; অহুগা পূরুরিবা শেল অহুস্তু শিংদোকপা ঙমদবা তাই অহুনা মরম ওইহ্না নোংম-নোংমগী লায়রবা শোয়দনা হেনগৎলক্কনি। অহুগা লুপা ৪০ তাল্লগা লুপা ৩০ চাদিং তৌরবদি মাগী মখূত্তা থা খুদিংগী লুপা ১০ লৈহৌগনি, মহুদগী মহাক ব্যবহারদা নুংঙাইবা মী অমা ওইগনি অমস্তুং চহী খরগী মতুংদদি মহাক ঈনাক খুনবা মী অমস্তু ওইবা য়াই। খুদম অসিগী মতুং ইন্না ঈরৈবাক্লা তানবা শেল অহু মপান্দগী পোৎ লৌবদা য়াম্না চৎথোকপ্রবদি, অহুগা লৈবাক অহুদগী মপান্দা থাদোকখিবা পোৎনা য়ামদবা মরম্না মপান্দগী লাকপা শেলনা চৎখিবা শেলদগী য়ামদনা লাক্লবদি পূহ্না লৈবা ময়েক্লা তাবনি, অমস্তুং নোংম-নোংমগী লায়রবা হেনগৎপা শোয়দবনি। মসি কোক্লবা উপায়দি ঈরৈবাক্তা শাবা পোৎ-চৈশিং অহু লল্লোন-ঈতিক তৌহ্না মপান্দা য়াম্না থাদোকখিবা, অহুগা মীরৈবাক্কগী ঙম্বমথৈ পোৎ লৌরুদ্রগা লৈবাক্কী মগুংদা শাবা পোৎ শীজিন্নবনি। অহুবু মসি পুন্নমক অসি করিমত্তা খন্দনা মপান্দগী অকে-অমোগী

পোৎ, মমল য়াম্বা ফজবা ক্ষিনচিংবা মথল-মখা অয়াম্বা লৌতুনা অরেম্বদা মপান্দা শেল য়াম্না থারি। চুরুট থকপত্তদা চহী খুদিংগী লুপা লাখ কয়ামুক মপান্দা চৎলি। মসি পূম্নমক অসি কোক্লবা অমসুং ঈরৈবাকপু ঈনাক খুলহন্নবা উপায় তৌবদি, লম্মচৎ য়াম্না ফজনা চত্তুনা লৈবা, লাইরিক-লাইশু য়াম্না হৈহুনা লৌশিং শিংবা নহারোলতনা ঙমগদবনি। ঈরৈবাক্তা শাবা কি শেৎপা অমসুং ঈরৈবাক্তা ফংবা পোৎ ঙম্বা মখৈ শীজিন্নবদা করি ঈক্বাইবা লৈগনি? মত্তু পূম্নমকপু ত্তরু-তরুনা শেৎ-ইল্লবদি অমসুং শীজিন্নরবদি শোয়দনা থাগৎনফম ওইগদবনি। চুরুট থকপা থাদোকপা অমসুং অত্তোপ্পবুসু থাদোকহনবদা করি কায়বা লৈ? মহুদগী অফবা ওইগনি, হকচাংসু য়াম্না ফবা হেনগৎকনি।

ঈরৈবাক অসিদগী মপান্দা থোক্তুনা লাইরিক তম্বা ছাত্র-শিংনা লায়রবা মপা মমাদগী অমসুং মরৈবাক্তগী থা খুদিংগী শেল য়াম্না লৌরগা মহৈ ফংননবা হোৎনরি। মখোয়নসু, মখোয়না লাক্লিবা অহু করি তৌনবা লাকপনো, মহু মতৌ করম্না নীংথিনা মপুং ফাবা ঙমগদগে, মখোয়গী য়ুমশিং অহুগী অবস্থা করিনো, অত্তোপ্পা ছাত্রশিংগী অবস্থা করিনো—অসিনচিংবা খন্দুনা লাই-রিক তম্বদা পূক্নীং চঙননবা হোৎনগদবনি। অহুগা মপানগী ফীবম অহু য়েংলগা অমসুং খঙলগা ময়ুমদা লাক্লবা মতুংদসু মহুগী মতুং ইন্না লৈবাক্তী চাওখৎনবা হোৎনবদা মখোয়গী পূক্নীং থিংজিন-গদবনি; মহুদগী মখোয়গী পুন্সি অহু অহল-লমনগী অমসুং লৈবাক্তী সেবা তৌদুনা লৈবা মরমদগী শোয়দনা মহৈ য়ানগদবনি অমসুং মখোয়গী মমিংসু মতম কুইনা শোয়দনা লৈবাক্তা লৈহৌগনি।

মমাংঙৈদদি ছাত্র পূম্নমক গুরুকুলদা চত্তূনা লাইরিক-লাইশু তম্নরম্মি অমসুং মখোয়গী লমচৎ অদুবুস্থ গুরুকুলদা লৈরগা শেংদোক্লবা হোৎনরম্মি। গুরুকুলদা লৈবা মতমদা লায়রবা, ঈনাক খুনবা, নিংথৌমচানচিংবা খেন্নবা অমত্তা লৈরমদে। মখোয় পূম্নমক অমত্তা ওইনা লৈরগা গুরুগী সেবা তৌদুনা অমসুং ভিক্ষাগী চেং চাদুনা মহৈ তম্নবা হোৎনরম্মি। গুরুস্থ মখোয়দা খেন্নবা থমদনা মখোয় পূম্নমকপু মানা মানা পাম্বা মহৈ তম্বিদুনা লৈরম্মি, অদুগা মখোয়গী অকনবা পরীক্ষা লৌরগা ময়ূম ময়ূমদা থাখি। গুরুকুলদা লৈবা মতমদা লায়রবা মচা অমসুং অচৌবা মচা অনীগী খেন্নবা লৈতে হায়বা অসিগী মরমদা খুদম ওইনা সুদামা অয়সুং শ্রীকৃষ্ণবু লৌবা য়াই। সুদামা য়াম্না লায়রবা ব্রাহ্মণ ওইরম্মি। সান্দীপনি ঋষিগী মনাক্তা মহৈ তম্বা লোইরবগী মতুংদা মখোয় অনীমক ময়ূম ময়ূমদা হনখিদুনা, য়ূম পান্দুনা লৈরবা মতমদা সুদামাগী লোয়নবীনা ( মতূনা ) মখোয়গী লায়রবা অদু কোক্লনবা নোংমা সুদামাবু শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা থাখি, অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা পীনবা উপহার ( অথেনপোৎ ) ওইনা মীঙোন্দগী চেঙ খূজোক মরি নিরগা সুদামাদা পীখি। সুদামা দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক য়ৌরবদা, মহাকপু উবমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা চেনশিল্লক্লুনা মহাকপু কোল্লগা কোনুং মনুংদা পুরক্লম্মি অমসুং সিংহাসনগী মশক ওইবা চৌকি অমদা ফমহল্লগা, ঈশিং পুরক্তুনা মাগী মখোঙ হামমি অমসুং চরণামৃত থক্তুনা মদু কোকথক্তস্থ হাপ্পী। মসি উরগা কোনুং মনুংগী মুপী-নহানচিংবা মী পূম্নমক্না য়াম্না ঙকখি অমসুং হায়—

কিমনেন কৃতং পুণ্যমবধূতেন ভিক্ষুণা।
শ্রিয়া হীনেন লোকেঽস্মিন্ গর্হিতেনাধমেন চ ॥
যোঽসৌ ত্রিলোকগুরুণা শ্রীনিবাসেন সম্ভৃতঃ।
পর্য্যঙ্কস্থাং শ্রিয়ং হিত্বা পরিষ্বক্তোঽগ্রজো যথা ॥

( ভাগবত ১০।৮০।২৫-২৬ )

"সংসার অসিদা নিন্দা তৌনফম ওইবা লায়রবা অমসুং ভিক্ষা তৌহনা চাবা অবধূত ( মফি-মরোল নীংথিনা য়াওদবা ) অসিনা করম্বা পুণ্য তৌরকপনো ? মহুদগী ( পুণ্য অহুদগী ) লোক অহুমগী গুরু ওইবা মতম পুম্নমক্তা লক্ষ্মীনা সেবা তৌহনা লৈরিবা অমসুং পর্য্যঙ্কগী মথক্তা লৈরিবী রুক্মিণীনচিংবী দেবী পুম্নমকপু থাদোক্তুনা চেনখ্রগা শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু ময়াম্বগী মতৌগুম্না কোন্দুনা পুরকই।"

অহুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা সুদামাবু পোত্থাহল্লগা রারী-রাতায় শাহনা অসুম্না হায়—

অপি নঃ স্মর্য্যতে ব্রহ্মন্ বৃত্তং নিবসতাং গুরৌ।
গুরুদারৈশ্চোদিতানামিন্ধনানয়নে ক্বচিৎ ॥

ভাঃ ১০।৮০।৩৫

"হে ব্রহ্মন ! গুরুপত্নীনা উমংদগী শাং য়ান্দূনা পুরকউ হায়রবদা ঐখোয় অনীনা উমংদা চৎলগা শাং য়ানবা মতমদা থোকখিবা থোদোক অদু নহাক হৌজিক নীংশিংলিব্রা ? মতম অদুদা ঈখঙ খঙংদৌদনা নোং য়াম্না তাখি অমসুং নোংসু য়াম্না খোংখি। মহুদগী লম্বী খঙদহুনা ঐখোয় অনী খুৎ শম্নহুনা উমংদা কোয়হুনা অহিং অহু উমং অদুগী মনুংদা লেনখি। নোংঙাল্লবা

মতমদা সান্দীপনি গুরুনা ঐখোয় অনীবু থিহনা উমংদা লাকখি, অহুগা ঐখোয় অনীবু উরগা অস্সুম্না হায়খি”—

**অহো হে পুত্রকা যুয়মস্মদর্থেঽতি দুঃখিতাঃ।**
**আত্মাবৈ প্রাণিনাং প্রেষ্ঠস্তমনাদৃত্য মৎপরাঃ॥**
**এতদেবাহি সচ্ছিষ্যৈঃ কর্ত্তব্যং গুরুনিষ্কৃতম্।**
**যদ্ বৈ বিশুদ্ধভাবেন সর্ব্বার্থাত্মার্পণং গুরোঃ॥**
**তুষ্টোঽহং ভো দ্বিজশ্রেষ্ঠাঃ সত্যাঃ সন্তু মনোরথাঃ।**
**ছন্দাংস্যযাতযামানি ভবন্ত্বিহ পরত্র চ॥**

( ভাঃ ১০।৮০।৪০, ৪১, ৪২ )

“অহো, হে ঈচাশা! নখোয়না ঐগীদমক য়াম্না অরাবা ফংলে। থব়ায় পানবা পূম্নমক্কা মথায়বু খায়দগী হেন্না নুংশিনা থমলিবা ওাক্কনি। অদুবু নখোয়দি মদুবু থাদোক্লুনা ঐগীদমক হোৎনরি। গুরুগীদমক অশেংবা ভাব তৌদুনা মশা পূম্নমকপু কখোকপা অসি অফবা শিষ্যশিংনা, গুরুনা পীবা বিদ্যাগী মমল কোকথোকপনি। হে দ্বিজশিংগী মনুংদা অথোইবা ঈচাশা! নখোয়বু ঐনা য়াম্না পেল্লে, নখোয়গী পূক্নীংদা নীংবা পূম্নমক থুংবা ওইসনু, অদুগা অযাতযাম বেদ ( হৌজিক ফাওবা ফংদ্রিবা বেদ ) বিস্তা পূম্নমক ফংবা ওইসনু॥”

মসিনি মমাঙৈগী বিস্তা তম্বসি। গুরুসু শিষ্যশিংদগী সংসারগী পোৎ অমত্তা পামদে, অদুবু মরক মরক্তা শিষ্যশিংবু, গুরুগী মফমদা ভক্তি লৈবরা নত্রগা লৈতবরা হায়বসি শোয়দনা পরিক্ষা তৌদুনা য়েংলম্মি; গুরুভক্ত ওইবা শিষ্যশিংবু বিদ্যা পূম্নমক

নীংথিনা পীরগা মযূম মযূমদা থাখি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি তৌবা ওম্বা অমা ওইবা মরমদগী গুরুদগী বিদায় লৌড়ুনা চৎলমদাইদা গুরু-দক্ষিণাগী মশক ওইনা গুরুদা মাগী শিগ্রবা মচাবু অমুক হন্না পুরক্লুনা পীখি। মসিগী রারম হরিবংশ পুরান্দা ইরি।

হৌজিক্কী মতমদদি অসিগুম্বা গুরু-শিষ্য ভাব অসি লৈখিদ্রে। গুরুস্থ শিষ্যগী মফমদা করি তৌফম লৈ হায়বসি করিমত্তা খনদ্রে, অদুগা শিষ্যস্থ গুরুগী মফমদা করম্বা লমচৎ চৎপা হৌনৈ হায়বা খঙদ্রে। মদুগী মহয় ওইনা হৌজিক গুরু অমস্তুং শিষ্যগী মনুংদা খংন-চৈনবসি য়াম্না থোক্লি, মদুদগী বিদ্যা তম্বা অসি মপুং ফানা মহয় য়ান্দ্রবনি। ছাত্রশিংনা গুরুগী সম্মান তৌগদবনি, মদুতদা গুরুনা ছাত্রশিংবু মানা খঙবা বিদ্যা অদু নীংথিনা তম্বীগনি। ময়েক অমকং ফাওবা নীংথিনা তম্বীরিবা গুরুগী মরমদা শাস্ত্রনদি অস্তুম্না হায়রি—

**একমপ্যক্ষরং যস্তু গুরুঃ শিষ্যং নিবেদয়েৎ।**
**পৃথিব্যাং নাস্তি তদ্ দ্রব্যং যদ্ দত্ত্বা চানৃণী ভবেৎ॥**

(জ্ঞান সংকলিনী তন্ত্র ৯৪)

"গুরুন্না ময়েক অমত্তং ফাওবা শিষ্যবু তম্বীরবস্থ মদুগী লম্মন কোকথোক্লবা গুরুদা পীবা য়াবা পোৎ অমত্তা পৃথিবীদা লৈতে।"

মথক্কা হায়গ্রিবা সুদামা অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণগী খূদম অসিদা নত্তে; অসিগুম্বা খূদম য়াম্না লৈ, মদুদগী (গুরুগী সেবা তৌবদগী) শিষ্যশিং অদুগী হৌজিক কাওবা মমিং চত্তুনা লৈরি। মহাভারতকী

আদিপর্ব্বগী অহৌবমক্তদা ৱারী অমা লাকই। আয়োদধৌম্য কৌবা ঋষি অমগী মনাক্তা আরুণি, উপমন্যু অমসুং বেদ কৌবা শিষ্য অহুম লৈরম্মি। নোংমা গুরুনা আরুণিবু লৌবুক্তা চৎলগা ঈশিং চৎথোক্তনবা পল ভাকউ হায়দুনা থায়। আরুণিনা লৌবুগী চৎলগা পল ভাক্লবা হোৎনবদা পল ভাকপা ঙমদ্রবদা, মহাক মশা-ক পল ৎইনা হীপ্লগা ঈশিং থিংগদুনা লৈখি। মতুংগী নুমিৎতা আরুণিবু উদবা মরমদগী থিরকপা মতমদা গুরুনা মহাকপু পল ওইনা হীপ্তুনা লৈবা উই। মতুদা পেল্লহুনা মহাক্তা মমিং উদ্দালক হায়না থোনখি অদুগা বেদ শাস্ত্র পূম্নমক পীদুনা মহাকপু মংমদা থাখি। মহাক ছান্দোগ্য উপনিষত্তা ফাওরিবা শ্বেতকেতুগী মপা উদ্দালক হায়বা অদুনি। উপমন্যুসু চাদ-থক্তনা গুরুগী শল শেন্দুনা উমংদা লৈবা মরমদগী মমীৎ তাঙখি; মতুগী মরম গুরুনা খঙলবদা অশ্বিনীকুমার কৌদুনা মীৎ ভাংবা অদু ফংনখি। মহাক প্রশ্নোপনিষৎনচিংবদা ফাওরিবা উপমন্যুনি। বেদসু, শল-শগোলগী মতৌগুম্না অহিং-নুংথিল নাইদনা গুরুগী সেবা তৌজরবা তুংদা য়াম্না অফাওবা ঋষি অমা ওইখি।

গুরুকুলদগী শিষ্যশিংবু ময়ুম য়ূমদা থাখিবা মতমদা সমাবর্ত্তন সংস্কার তৌহল্লগা শিষ্যশিংবু গুরুশিংনা মতৌ অসুম্না পাউতাক পীনরমই—"সত্যং বদ"=অচুম্বা হায়উ, "ধর্ম্মং চর"=ধর্ম্মগী লমচৎ চৎলু, "স্বাধ্যায়ান্মা প্রসদঃ"=নংনা তম্বা বিদ্যাগী মরমদা লায়থোকপা তৌগনু, "আচর্য্যায় প্রিয়ং ধনমাহৃত্য প্রজাতন্তুং মা ব্যবৎচ্ছেসীঃ" =আচার্য্যনা পাম্বা দক্ষিণা পীরগা য়ূমদা চত্তুনা লুহোংউ, শাগৈ

মাঙদনবা নচা-নশু পোকপগী মথং মনাও কায়হনগম্নু, "সত্যান্ন প্রমদিতব্যম্" = অচুম্বা ঙাঙবদগী লায়থোক্কুনা কদৌঙৈদস্নু চুমদবা ঙাঙগম্নু, "ধর্ম্মান্ন প্রমদিতব্যম্" - ধর্ম্মগী লমচৎ চৎপদগী লায়থোক্কুনা কদৌঙৈদস্নু অধর্ম্মগী লমচৎ চৎকন্নু, "কুশলান্ন প্রমদিতব্যম্" = নশাগী ঙাক্নবা অফবা থবক তৌবদগী লায়থোক্কুনা ফত্তবা থবক তৌগন্নু, "ভূত্যৈ ন প্রমদিতব্যম্" = চাওখৎনবগীদমক অফবা থবক তৌবদা লাযথোকন্নু, "স্বাধ্যায়প্রবচনাভ্যাং ন প্রমদিতব্যম্" = নংনা তমখিবা বিদ্যা অদুদগী অমস্নুং মতুবু অতোপ্পদা তম্বীবদগী কদৌঙৈদস্নু লায়থোকন্নু ॥১॥ "দেবপিতৃকর্য্যাভ্যাং ন প্রমদিতব্যম্" = লাই অমস্নুং শিগ্রবা অহল-লমনগী শ্রাদ্ধনচিংবা থবক তৌবদগী কদৌঙৈদস্নু লায়থোক্কুনা লৈগন্নু, "মাতৃদেবো ভব" = নমাবু লাইমক্লি খন্দূনা মাগী সেবা তৌ, "পিতৃদেবো ভব" = নপাবু লাইমক্লি খন্দূনা মাগী সেবা তৌ, "আচার্য্যদেবো ভব" = অচার্য্য-ওঝাবু লাইমক্লি খন্দুনা মাগী সেবা তৌ, "অতিথিদেবো ভব" = অথাপ্পদগী লাকপা অতিথিবু লাইমক্লি খন্দুনা সেবা তৌ। "যান্যনবদ্যানি কর্ম্মানি, তানি সেবিতব্যানি" = নিন্দা ওইরোইদোবা অফবা থবকশিং অদু তৌগদবনি, "নো ইতরাণি" = মদু নত্তবা নিন্দা ওইগদবা থবকশিং তৌরোইদবনি, "যান্যস্মাকং সুচরিতানি, তানি ত্বয়োপাস্যানি" = আচার্য্য ওইবা ওঝাশিং এখোয়না অফবনি হায়না তৌরিবা থবকশিং অদু নহাক্না শোয়দনা তৌগদবনি ॥ ২ ॥ নো ইতরাণি = আচার্য্যশিংনা তৌরবস্নু ফত্তবা থবক ওইরবদি মদু নহাক্না তৌরোইদবনি, "যে কে চাস্মাচ্ছ্রেয়াংসো ব্রহ্মণাঃ, তেষাং

ত্বয়াঽঽসনেন প্রশ্বসিতব্যম্” = আচার্য্য ওইবা, ঐখোয়দগী হেনবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণশিং লাকলবদি, মখোয়বু ফম্নবা আসন (ফিদা) থাহ্নুনা পোত্থাহনগদবনি, “শ্রদ্ধয়া দেয়ম্” = শ্রদ্ধাগা লোয়নননা দান তৌগদবনি, “অশ্রদ্ধয়াঽ দেয়ম্” — শ্রদ্ধা লৈতনা দান তৌরোই-দবনি, “শ্রিয়া দেয়ম্” = নংনা ঙমজবগী মতুং ইন্না দান তৌগদবনি, “হ্রিয়াং দেয়ম্” = ঐনা তৌরিবা অসি খজিক্কনি খন্দুনা ঈকাইবগা লোয়নননা দান তৌগদবনি, চাউথোক্তুনা দান তৌরোইদবনি, “ভিয়া দেয়ম্” = ঐনা পীগদৌরিবা অসি শোয়-ঙাম্বদি য়াওরোইদরা খন্দুনা অকিবগা লোয়নননা দান তৌগদবনি, “সংবিদা দেয়ম্” = মরূপ-মপাংগীদমকস্তু পীগদবনি, “অথ যদি তে কর্ম্মবিচিকিৎসা বা বৃত্তিবিচিকিৎসা বা স্যাৎ” = ধর্ম্মগী থবক তৌবদা নহাক্কী পুক্কীংদা চিংনরবদি নত্রগা পুন্সি চৎনবা থবক্কী অফ-ফত্তগী মরমদা নহান্না চিংনরবদি ॥৩॥ যে তত্র ব্রহ্মণাঃ সংমর্শিনঃ, যুক্তা আযুক্তাঃ, অলূক্ষা ধর্ম্মকামাঃ স্যুঃ” = নহাকনা লৈরিবা মফম অদুদা লৈবা, লৌশিং শিংবা, ধর্ম্মগী থবক্তা চঙহ্নুনা লৈবা, মশামকস্তু ধর্ম্মপরায়ণ ওইবা পূকচেল তিংবা অমস্তুং ধর্ম্ম পাম্বা ব্রাহ্মণশিংদা হংউ, “যথা তে তত্র বর্ত্তেরন্, তথা তত্র বর্ত্তেথাঃ” = অদুগা থবকশিং অদুগী মরমদা মখোয়না চৎপগুম্না নখোয়স্তু চৎলু, “অথাঽভ্যাখ্যাতেষু” = মতৌ অদুগুম্না দোষ লৈ হায়না চিংনহ্নুনা লৈরিবা মীশিং অদুগী মরমদস্তু, “যে তত্র ব্রাহ্মণাঃ সংমর্শিনঃ, যুক্তা আযুক্তাঃ অলূক্ষা ধর্ম্ম কামাঃ স্যুঃ = নহাক্না লৈরিবা মফম অদুদা লৈবা লৌশিং শিংবা ধর্ম্মগী থবক্তা চঙহ্নুনা লৈবা মশামকস্তু, ধর্ম্মপরায়ণ ওইবা পূকচেল

বা ব্রাহ্মণশিংদা হংউ, "যথা তে তেষু বর্ত্তেরন্, তথা তেষু বর্ত্তেথাঃ" মখোয় অদুনা অতোপ্পশিংগী মফমদা চৎপা অদুগুম্না নখোয়সু তোপ্পশিংগী মফমদা চৎলু। "এষ আদেশঃ" = মসি বেদ শাস্ত্রনা রূপা নিয়মনি, "এষ উপদেশঃ" = মসি বেদ শাস্ত্রনা পীবা উতাকনি, "এষা বেদোপনিষৎ" = মসি বেদগী অথুপ্পা রানি, এতদনুশাসনম্" = মসি বেদগী হায়বদি ঈশ্বরগী অজ্ঞা (য়াথং) নি, এবমুপাসিতব্যম্ = মসিগী উপাসনা নখোয়না তৌগদবনি, "এবমু-তদুপাস্যম্" = মসিগী মতুং ইন্না নখোয়না লমচৎ চৎকদবনি।

(তৈত্তিঃ উঃ শীক্ষাধ্যায় ১। ১। ১০)

অক্ষবা লমচৎ চত্তুনা লৈরগা লাইরিক তম্বা লোইরবা মতুংদা অসিগুম্বা উপদেশ লৌদুনা মযূমদা হনখ্রিবা ছাত্রশিং অদুগী পুন্সিদা করিগী চাওখৎপা ফংলোইদৌরিবনো? হায়রিবা উপদেশশিং অসিবু হৌজিক স্বতন্ত্র ওইরবা মতুংদা ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়শিংদসু সমাবর্ত্তন সমারোহগী (convocation) মতমদা উপকুলপতি (ভাইস চান্সলর) না বিঃ এঃ, এমঃ এঃ গী ছাত্রশিংবু উপাধি পীদা হায়।

গৃহস্থাশ্রমদা চঙদুনা লৈরিবা মীশিংনসু ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈনবা হোৎনগদবনি। আশ্রম অসিদা মতৌ করম্না ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈগনি হায়বা অসিগী মরমদা শাস্ত্রনা অস্মুম্না তাক্লি—

**কর্ম্মণা মনসা বাচা সর্ব্বাবস্থাসু সর্ব্বদা।**
**সর্ব্বত্র মৈথুনত্যাগো ব্রহ্মচর্য্যং প্রচক্ষতে॥**

ব্রহ্মচর্য্যাশ্রমস্থানাং যতীনাং নৈষ্ঠিকস্য চ।
ব্রহ্মচর্য্যঞ্চ তৎ প্রোক্তং তথৈবারণ্যবাসিনাম্॥
ঋতাবৃতৌ স্বদারেষু সঙ্গতির্যা বিধানতঃ।
ব্রহ্মচর্য্যং তদেবোক্তং গৃহস্থাশ্রমবাসিনাম্॥

(যাজ্ঞবল্ক্য সংহিতা)

"মতম পুম্নমক্তা মকম পুম্নমক্তা অমসুং কীভম পুম্নমক্তা থবক্তগী, পুরুষীংদগী অমসুং ব্রাহৈদগী নুপী-নহাগা শম্নবা থাদোকপা ব্রহ্মচর্য্য কৌই। হায়রিবা ব্রহ্মচর্য্য অসি ব্রহ্মচর্য্য আশ্রমদা লৈহুন লাইরিক তম্বা, পুন্সি চুপ্পা নৈষ্ঠিক ব্রহ্মচারী ওইহুনা লৈরিবা সংন্যা লৌহুনা লৈবা অমসুং বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈবা মীশিংগীদমক্তনি অদুগা গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মীশিংগীদমক্তি থা খুদিংগী মখোয়গী লোয়নবীশিংগী ঋতু (চাখুম থোকপা) মতমদা শাস্ত্রনা তাকপ নিয়মগী মতুং ইন্না মখোয়না ফমদিন্ননা (শম্নহুনা) লৈববু ব্রহ্মচর্য কৌই।"

ভার্য্যাং গচ্ছন্ ব্রহ্মচারী ঋতৌ ভবতি চৈব হ॥

(মহাভারত অনুঃ ১৮। ১১

"ঋতু মতমতদা মাগী লোয়নবীগা ফমদিন্নবসু ব্রহ্মচারী ওইহুনা লৈ।"

নুপীগী ঋতু মতমগী মরমদা মনুনা অসুম্না হায়রি—

ঋতুঃ স্বাভাবিকঃ স্ত্রীণাং রাত্রয়ঃ ষোড়শ স্মৃতাঃ।
চতুর্ভিরিতরৈঃ সার্ধমহোভিঃ সদ্বিগর্হিতৈঃ॥

**আসামাদ্যাশ্চতস্রস্তু নিন্দিতৈকাদশী চ যা।**
**ত্রয়োদশী চ শেষাস্তু প্রশস্তা দশ রাত্রয়ঃ॥**

(অঃ ৩। ৪৫, ৪৬)

"ঋতুগী অহানবা নুমিৎ মরিগা লোয়ননা মুমিৎ ১৬ নুপীশিংগী হৌনশা ওইনা ঋতু কৌই। মহুগী মনুংদা অহানবগী নুমিৎ মরি, ১১ শুবা নুমিৎ অমসুং ১৩ শুবা নুমিৎ নিন্দণী।নি (ফত্তে)। মহুদগী লেমহৌবা নুমিৎ ১০ অফবনি।"

নুমিৎ ১০ অহুগী মনুংদস্তু ৫ শুবা নুমিৎ, ঈ ।দা লৈতৌবনা শেংদবা মরমদগী ফত্তে, অহুগা ১৬ শুবা নুমিৎস্তু থা থিংবা নুমিৎ ওইবা মরমদগী ফত্তে। মরম অসিনা ফত্তবা নুমিৎ ৮ বু থাদোক্লগা লেমহৌবা অফবা নুমিৎ ৮ বু মাগী লোয়নবীগা ফমদিনহুনা লৈরবস্তু ব্রহ্মচারী ওইহুনা লৈ হায়বা অসিস্তু অস্তুম্না তাক্লি—

**নিন্দ্যাস্বষ্টাসু চান্যাসু স্ত্রিয়ো রাত্রিষু বর্জ্জযন্।**
**ব্রহ্মচার্য্যেব ভবতি যত্র তত্রাশ্রমে বসন্॥**

(মনুঃ অঃ ৩। ৫০)

"হায়রিবা ফত্তবা নুমিৎ নীপাল অহুগা অতৈ'প্পা ঋতু য়ৌদ্রিবা ফাওবগী অরেম্বা নুমিৎ পুম্নমকপু থাদোক্লগা লেমহৌবা নুমিৎ ৮গী মনুংদস্তু পর্ব্বগী নুমিৎ থাদোক্লুনা, গৃহস্থাশ্রমদা ৈ.বা মীনা মাগী লোয়নবীগা ফমদিনহুনা লৈরবদি ব্রহ্মচারী ওইহুনা লৈ।"

আয়ুর্ব্বেদগী সুশ্রুত সংহিতাদস্তু অস্তুম্না হায়রি—

**ঋতুস্তু দ্বাদশরাত্রং ভবতি দৃষ্টার্ত্তবঃ।** (অঃ ৩। ৬)

"অহানবগী নুমিৎ মরি থাদোক্লগা লেমহৌবা নুমিৎ ১২ নুপীগী ঋতুগী মতমনি। মতম অসিদা মখোয়গী অশেংবা রজ লৈ।"

মসিদা শাস্ত্রকারশিংনা হায়রিবা রা পূম্নমক অসিগী অথূপ্পা হীরম করিনো হায়বা খণ্ডনবা শারীরিক বিজ্ঞানগী মতুং ইন্না ডাক্তরশিংনা হায়বা রা খরদং খণ্ডবা চুম্মি। নুপীগী পূক্কী মখা থংবা শরুক্তা অথূপ্পা ইন্দ্রিয়গা শম্নগা গর্ভাশয় ( Uterus ) হায়বদি অণ্ডাং লৈনবা থাউ লৈ, মসিবু জরায়ু হায়নসু কৌই: মসি খরা শাংতক তৌবা পুংদোনগী মওংগুম্বনি। গর্ভাশয় অসিগী মথক্কী নাকল অনীদা চুম্বে, মঙ্গী মওংগুম্বা অমসুং ইঞ্চি অমরোম শাংবা থাউ অনীখক লৈ। অনী অদুবু ডিম্বাশয় নত্রগা ডিম্বকোষ (Ovaries) কৌই, হায়বদি মকম লৈনবা থাউ কৌই। ডিম্বাশয় খূদিংমক্কী মনুংদা য়াম্না পীকপা ঙা মরূমগুম্বা মরূম (Ovum) তরা কুন লৈ। অদুগা গর্ভাশয়গী নাকল অনীমক্তা খূৎকী মতৌগুম্ন মাগী মকু ( Fundus দগী হৌদুনা ইঞ্চি অহুমলোম শাংব নালী মচা অনীখক ডিম্বাশয় অনীমক্তা শম্নদুনা লৈ। নালী মচা অনী অসিবু নুপীগী বীর্য্যবাহিনী ( মরূম পুনবা ) নালী (Fallopain Tubes) কৌই। নুপীমচাশিংনা মপূং ফাব লৈশাবী ওইরবা মতমদা মখোয়গী ডিম্বাশয়, বীর্য্যবাহিনী নালী অমসুং গর্ভাশয় অদুম অসিগী মশাদা ঈ লৈবা হেনগৎলক্তুনা মখোয়শিং অদুদগী ঈ চেন্থোকলকই। মদুবু নুপীগী ঋতু থ মাংবা (Menstruation) কৌই। মতম অদুদা নুপীগী বীর্য্যবাহিনী নালী অদু হোদুনা লৈবা মরূমদগী নালী অদুদা ডিম্বাশয়দগী

ক্রম লাকই, অদুগা গর্ভাশয়গা শম্নহুনা লৈরিবা নালীগী চীন অদুস্থু থজিক্কুং হোতুনা লৈ, মদু ঋতু হৌবা নিত্তগী নুমিৎ ১৫ নি ফাওবা লৈ। অদুগা ১৬ নি শুবা নিওা থিংই। হোতুনা লৈবা মতম অদুদা নুপী-নুপা মদিন্নবদগী গর্ভাশয়গী মনুংদা নুপাগী বীর্য্য (Semen) য়ৌরবা মতুংদা বীর্য্য অদুদা লৈরিবা জীবানু নত্রগা শুক্রানুশিং (Spermatozoa—বীর্য্যদা লৈবা য়াম্না কুপশ্রবা তীলশিং) অদু নালীবোমদা চেনশিনী। মখোয় অদু নালী য়ৌবা ওম্নবা য়াম্না কন্না হোংনরবস্থু য়ৌবা ওমদনা লমথাওদা মাওবনা অয়াম্বনি। নবিগুম্বদা তীল অমত্তং নালী য়ৌবা ওম্নবদি মদু নালী'দুদা লৈরিবা মক্রম অদুগী মনুংদা চঙিং। মতৌ অস্থুম্না অনী অদু তিন্নবদগী মকম অদু য়াম্না লেঙ-খোংপা হৌরক্লুনা মীওইবগী হকচাং অসি শুইরকই। চিপ্পাশয়দগী লাকপা মক্রম অমস্থুং বীর্য্যদগী চৎখিবা জীবানু অনী অদু নীংথিনা মপূং ফানা মুন্নবদি অনী অদুদগী শাগৎ-লকপা হকচাং স্থু য়াম্না কৈ, নত্তবদ্রি ফক্তে। মদুদস্থু নুপীগী মক্রম অদু নুপাগী জীবানুদগী থোইনা হেন্না কল্লবদি নুপী পোকই, অদুগা নুপাগী জীবানু অদুনা নুপীগী মক্রমদগী হেন্না কল্লবদি নুপা পোকই, অনী অদু চপ মান্নরবদি নপুংসক পোকই। হায়রিবা অসিগী মরমদা মথুনা অস্থুম্না হায়—

**পুমান্ পুংসোঽধিকে শুক্রে স্ত্রী ভবত্যধিকে স্ত্রিয়াঃ।**
**সমেঽপুমান্ পুংস্ত্রিয়ৌ বা ক্ষীণেঽল্পে চ বিপর্য্যয়ঃ॥**

(মঃ ৩।৪৯)

"নুপাগী বীর্য্য থোইনা হেন্না কল্লবদি নুপা পোকই, নুপীগ রজ ( মকম ) থোইনা হেন্না কল্লবদি নুপী পোকই। অনীমক্কী রং অমস্তুং বীর্য্য ফত্রবদি গর্ভ ওইবা ঙমদে।"

মথক্তা হায়খ্রিবা অফবা নুমিৎ নীপাল অহুগী মনুংদস্তু ব্রত উপবাসনচিংবা ওইবা নুমিৎ, লাই গুরুগী শ্রাদ্ধনাচংবা থবক তৌবা নুমিৎ অমস্তুং পর্ব্বগী নুমিৎ লাক্লবদি মহুস্তু থাদোক্কদবনি। পববগী নুমিৎশিংবু মনুনা অস্তুম্না হায়—

**অমাবস্যামষ্টমীঞ্চ পৌর্ণমাসীং চতুর্দশীম্।**

**ব্রহ্মচারী ভবেন্নিত্যমপ্যৃতৌ স্নাতকো দ্বিজঃ॥**

( অঃ ৪। ১২৮

"নুপীগী ঋতুগী মতম ওইববস্তু, থাশি নুমিৎ, থানিল (পূর্ণিমা) নুমিৎ অমম্বা থাখায অমস্তুং অচানবা থাখাযগী নীপালশুবা অমস্তুং তরামরিনিশুবা নুমিৎ ( তিথি ) অসিদস্তু যূম্বানবা মীন ব্রহ্মচারী ওইহুনা লৈগদবনি।"

পীক্লিদৈদগী হৌহুনা নুপী-নুপা অনীমক ব্রহ্মচারী ওইহুন, লাক্লগা যূম পাল্লবা মতমদস্তু মথক্তা হায়বিবা নিযমগী মতুং ইন্ন। লৈরবদি মখোযদগী পোকপা মচাশিং অহু শোযদনা হকচাং যব অমস্তুং লৌশিং শিংবা ওইনা পোক্কনি হাযবা অসিদা করিস্তু চিংনথম লৈতে। যূম্বানদ্রিদৈগী মমাঙদগী বীর্য্যবু মাঙহনবা হৌরবদি মখোয়গী মচাশিং অহু হকচাং ফহবা ওইনা পোক্কনি অমস্তুং মখোয় মশামকস্তু শোন্দম-নাদম তৌহুনা লৈগনি, মহুদগী করিগুম্বা অকনবা অমস্তুং অপাম্বা থবক অমত্তা তৌবা ঙম্মোই হায়বা অসিগী মরমদদি করি অমুক হায়গনি।

য়ুম্বান্দুনা লৈবা মতমদা ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈবা অসিদি মুপী-মুপা অনীমক পুন্নীং অমত্তা ওইনা য়া-নদুনা লৈন্নবত্তদা ঙমগদবনি। মরম অসিনা মুপী-মুপা অনিমক মশা মশাগী কান্নবগীদমক তা-নদুনা ঙম্বা মখৈ ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈনবা হোৎনগদবনি। গর্ভ লৈরবা মতুংদদি মচা পোক্কুনা থা অনী অহুম শুদ্রিবা ফাওবা খোয় অনী ব্রহ্মচারী ওইদুনা লৈগদবনি। মসি নত্তবা মতমদদি মুপীগী ঋতু ওইরবদা মুপানা মাগা লোয়ননা তিন্নদ্রবদি মহাপাপকী মশক্তি হায়বা অসি শাস্ত্রনা অস্সা তাক্লি—

**ক্রোধাদ্বা যদিবা দ্বেষাদাবৃত্তৈর্ব্বর্জ্জিতোঽপিবা।**
**ঋতৌ স্ত্রিয়ং যো নোপেয়াৎতম্ বিদ্যাদ্ব্রহ্মঘাতকম্ ॥**

(বৃদ্ধ গৌতম স্মৃতি ১১।৮)

"শাউবদগী ঈস্থোক্লবস্থু নত্রগা মুঙাইতবদগী চৈ-থাংবা তৌদুনা লৈন্নবস্থু ঋতুগী মতমদা মাগী লোইনবীগা তিন্নদবা মী অদুবু ব্রহ্মহত্যা তৌবগা চপ মান্নবা পাপীনি হায়না খঙউ।"

মরম অসিনা লংফৈ-ঈফৈ চৎথোক্ত্রবদি নত্রগা য়ুমদা অনা-অয়েক লৈত্রবদি য়ুম্বানবা মীনা মথক্তা হায়খ্রিবা ঋতুগী মতমদা মাগী লোইনবীগা শোয়দনা ফমদিন্নগদবনি।

অদুগা কনাগুম্বা মী অমত্তনস্থু অতোপ্পগী মুপীগা লোয়ননা ফমদিন্নরোইদবনি, অদুগা মসি পুন্নীংদা ফাওবা খল্লোয়দবনি। অতোপ্পগী মুপীগা ফমদিন্নরবদি অমস্থুং ফমদিন্নগে হায়না খল্লবদি মী অদুনা তৌজবা অমস্থুং তৌজগদৌরিবা ধর্ম্ম, কর্ম্ম পুম্নমক অরেম্বদা মাঙগনি। মস্থুম্না তৌবা অসিবু শাস্ত্রদা য়াম্না কন্না থিংলি।

পরদারা ন গন্তব্যাঃ সর্ব্ববর্ণেষু কর্হিচিৎ ॥
ন হীদৃশমনায়ুষ্যং লোকে কিঞ্চন বিদ্যতে ।
যাদৃশং পুরুষস্যেহ পরদারোপসেবনম্ ॥
যাবন্তো রোমকূপাঃস্যুঃ স্ত্রীণাংগাত্রেষু নির্ম্মিতাঃ ।
তাবদ্বর্ষসহস্রাণি নরকং পর্য্যুপাসতে ॥

( মহাভাঃ অনুঃ ১০৪ । ২০, ২১, ২২ )

"ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়নচিংবা বর্ণ মরিদা লৈবা অতোপ্পগী নুপী-শিংগা লোয়ননা কদৌঙৈদস্নু ফমদিন্নরোইদবনি । মসিগুম্না নুপাগী পুন্সি মাঙহনবা ঙম্বা পোৎ অমত্তা সংসারদা লৈতে। নুপীগী হকচাংদা লৈরিবা তুখোঙগী মশীংগা চপ মান্নবা চহী লীশিং-লীশিঙ নরক্তা তাদুনা মহাক লৈ।"

ব্রাহ্মণেঃ ক্ষত্রিয়ো বৈশ্যো যো রতঃ পরযোষিতি ।
যাতি তস্যাঽপূজিতস্য রুষ্টা লক্ষ্মী গৃহাদপি ॥
ইহাতি নিন্দ্যঃ সর্ব্বত্র নাঽধিকারী স্বকর্ম্মসু ।
পরত্রৈবান্ধকূপে চ যাবদ্বর্ষশতং বসেৎ ॥
স্বভার্য্যাঞ্চ পরিত্যজ্য যো গৃহ্নাতি পরস্ত্রিয়ম্ ।
যশোধনায়ুষাং হানির্ভবেজ্জীবন্মৃতস্য চ ॥

( ব্রহ্মবৈঃ পুঃ কৃষ্ণজন্ম খণ্ড ৩০ । ৮৬, ৮৭, ৯০ )

"ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্যসু ওইসনু, মী অহুনা অতোপ্পগী নুপীদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈরবদি মহাক মীনা ঈকাইখুম্নবিদে, অদুগা ময়ুমদগী লক্ষ্মীসু চৎথোকখি। পুন্সি অসিদা মহাক

ফম পুম্নমক্তা য়াম্না নিন্দা তৌনফম ওইহনা মশাগী তৌগদবা থৌদস্থ মতীক চাবা মী ওইদে, অতুগা শিরবা মতুংদস্থ অন্ধকূপ কীবা নরক্তা চহী চামা চামা লৈ। মশাগী ময়ুমদা লৈবা লায়নবীবু থাদোক্লগা অতোপ্পগী নুপীবু লৌহনা লৈবা অমস্থং হিংন-ইংনমক অশিবগা চপ মান্নবা মী অতুগী মিংচৎ, লল-থুম অমস্থং পুন্সি পূম্মাঙ মাঙডি।"

**কো ধর্ম্মঃ কিং যশস্তেষাং কা প্রতিষ্ঠা চ কিং তপঃ।**
**কা বুদ্ধির্বিদ্যা দানঞ্চ পরেষাং স্ত্রীষু যন্মনঃ॥**

**( ব্রহ্মবৈঃ কৃষ্ণজন্ম খঃ ৩৫। ৮৮ )**

"অতোপ্পগী নুপীশিংদা পুক্নীং চঙহনা লৈরিবা মীশিং অতুগী র্ম্ম করিনো, মিংচৎ করিনো, ইজৎ করিনো, তপ করিনো, বুদ্ধি রিনো, বিদ্যা অমস্থং দান করিনো? হায়বদি অমত্তস্থ লৈতে।"

**পরযোষিৎ সমাসক্তিরায়ুঃ কীর্ত্তিবলং সুখম্।**
**হরেৎ স্বর্গগতিঞ্চাপি তস্মাৎতাং বর্জ্জয়েৎ সুধীঃ॥**

**( স্কন্দ পুঃ খণ্ড ৫। ৪৫। ৭৩ )**

"অতোপ্পগী নুপীদা পুক্নীং চঙবসি, পুন্সি, মিংচৎ, পাঙ্গল, ংঙাইবা অমস্থং স্বর্গ ফংবসিবু মাঙহল্লি; মরম অসিনা লৌশিং শিংবা মীনা মসিবু থাদোক্কদবনি।"

**নাস্য ধেনুঃ কল্যাণী নানড্বান্ সহতে ধুরম্।**
**বিজাণীর্যত্র ব্রাহ্মণো রাত্রিং বসতি পাপয়া॥**

**( অথর্ব্ব বেদ কাঃ ৫। ৪। ১৮ )**

"লৈবাক অহূদা ব্রাহ্মণনা পাপ বুদ্ধি তৌহুনা অতোপ্পগী য়ুমদা অহিং লেল্লবদি লৈবাক অহুগী শল অমোম্না মখোম পীদে, শল লাবনা লাঙ্গোল পুবা ( চিংবা ) ওমদে হায়না খণ্ডউ।"

**পরদারাপহর্ত্তারঃ পরদারাভিমর্শকাঃ।**
**পরদার প্রযোক্তারস্তে বৈ নিরয়গামিনঃ॥**

( বৃদ্ধ গৌতম স্মৃঃ ১০। ৮৭

"অতোপ্পগী নুপী হূরানবা, অতোপ্পগী নুপীবু নমডুনা তিন্নবা. অতোপ্পগী নুপীবু শীজিন্নহনা ফমদিন্নবা মী শোয়দনা নরক চৎকদবনি।"

মসিগী মরমদা কদায় ফাওবা ইগনি ? শাস্ত্র পুন্নমক অতোপ্পগী নুপীগা তিন্নগনু হায়বা অসি লাউড্রনা লৈরি। মথম অসি অতোপ্পগী নুপী হায়বদা মপুরোয়বা লৈবী নুপীতবু নত্তে; মপুরোয়বা লৈতবী নুপীবুসু খণ্ডনগনি। অমরোমদা হায়রগা মশাগী লোয়নবী নত্তবা নুপী পুন্নমক অতোপ্পগী নুপীনি হায়না লৌগনি।

করিগুম্বদা নুপাগী ময়ুমদা মতম চাদনা নুপী লৈঙবা। শিং বা নগ্রগা খাইনথিবা ) ওইরবদি অহুগা চহী নৌবা মরমদগী মহা নুপী অমুক থিবা পামলবদি, অপাম্বা মপুরোইবা লৈতবী নুপী থিডু য়ুম্বাল্লগা লৈবা য়াই, মহূদা মহাক অহুক হারা দোষ লৈতে, শাস্ত্র নস্থ অহুক কন্না থিংদে ; শাস্ত্রনা কন্না থিংবদি মশাগী লোয়নবা নত্তবা অতোপ্পগী নুপীগা শম্নবনচিংবনি। অতোপ্পগী নুপীশিংবু মমামকী মতৌঙুম য়েংউ হায়রি—

**মাতৃবৎপরদারাণি পরদ্রব্যাণি লোষ্টবৎ।**
**আত্মবৎ সর্ব্বভূতানি যঃ পশ্যতি স পশ্যতি॥**

(চাণক্য ২।১৬)

"অতোপ্পগী মুপীশিংবু ঙমাগী মতৌগুম য়েংবা, অতোপ্পগী ;পাৎশিংবু লৈতূমগুম য়েংবা (উবা) অমস্থং অতোপ্পা জীবশিংবু মশাগী মতৌগুম য়েংবা মী অদুদি অশেংবা য়েংবা (উবা) মীনি।"

অতোপ্পগী মুপীশিংবু রাখল অমা তৌদুনা য়েংলোইদবনি হায়বা অসিগী মরমদা লক্ষ্মণনা য়াম্মা ফজবা থূদম অমা থনম্মি। হনুমান্না শ্রীরামগী মফমদা সীতানা থাদরম্বা ইম্নফি কুণ্ডল নাইম্নচিংবা পীরবদা শ্রীরাম্না মসি পূম্নমক অসি "নতৈমা সীতাগীরা" হায়না হংবা মতমদা লক্ষ্মণ্না অস্মুম্না পাউখুম পী—

**নাহং জানামি কেয়ূরে নাহং জানামি কুণ্ডলে।**
**নূপুরে ত্বভিজানামি নিত্যংপাদাভিবন্দনাৎ॥**

(বাল্মীকি রাঃ কিস্কিন্ধা কাঃ ৬।২২)

"পাম্বোমদা সিননবা কেয়ূর অনী অদু ঐ খঙদে, নাদা সিননবা কুণ্ডল নাইন অনী অদুস্থ ঐ খঙদে। মুমিৎ খূদিংগী মাগী চরন্দা খুরুমজবা মরমদগী মাগী মখোঙদা সিবা নূপুর (খোঙজি) অনী অদুদি ঐনা খঙই।"

লক্ষ্মণনা পীরিবা থূদম অসি মী পূম্নমক্কা খন্দুনা য়েংবা চুম্মি, অদুগা মাগী মতৌগুম্না চৎননবা হোৎনবস্থ চুম্মি। অতোপ্পগী

মুপীদা কত্তবা মিৎয়েং য়েংহুনা মাগা তিন্নগে হোংনরবদি মী অহ্ শোয়দনা অরাবা ফংগনি। মরম অসিনা অস্থুম্না হায়রি—

লঙ্কেশ্বরো জনকজাহরণেন বালী
তারাপহারকতয়াহপ্যথ কীচকশ্চ।
পাঞ্চালিকাগ্রহণতো নিধনং জগাম
তচ্চেতসাপি পরদাররতিং ন কুর্য্যাৎ॥
(অনঙ্গ রঙ্গ ৮। ১১)

"লঙ্কাগী মপু রাবণনা সীতা হূরুবদগী, বালীনা সুগ্রীবগী মুপী তরাবু নমহুনা থম্বদগী অমসুং কীচকনা দ্রৌপদীবু ফারুবদগী শিবা ফংখি (মথায় মাঙখি)। মরম অসিনা পূক্নীংনা ফাওবা অতোপ্পগী মুপীগা শম্নগে খল্লোয়দবনি।"

মসিদা নত্তনা মুপাশিংনা মনীং তম্না লৈবী বেশ্যাশিংগা তিন্নবা অসিদি পূমথা থাদোক্কদবনি। কত্তবা পূন্নমক্কী মমুংদা মসি থ্বায়দগী হেন্না ফত্তবনি। মখোয়গা তিন্নরবা মতুংদা মী অহ্ অমুক হন্না মীমান্নগনি হায়বা অসি ওইথোক্কবনি। মী অদুগী শেল-থুমদগী হোত্নহুনা হকচাং ফাওবা শোয়দনা মাঙগদবনি। মরম অসিদগী শাস্ত্রকারশিংনা অস্থুম্না হায়—

অহো সর্ব্বৈঃ পরিত্যাজ্যা পংশ্চলী চ বিশেষতঃ।
ধনায়ুঃ প্রাণযশসাং নাশিনী দুঃখদায়িনী।
স্বকার্য্যতৎপরা শশ্বৎ পরকার্য্যবিনাশিনী॥

"অহো! মী পুম্নমক্না বেশ্যাবু শোয়দনা থাদোক্কদবনি। বেশ্যাদি মীগী শেল-থুম, পুন্সি, থব্রায় অমম্ভং মিংচৎপু মাঙ্গহনবীনি; মরম অসিনা অৱাবা পীহ্না লৈবীনি। মহাক মতম পুম্নমক্কা মশাগী থবক্কা য়েংবীনি, অহ্নগা অতোপ্পগী থবকপুদি মাঙ্গহনবীনি।"

**এতা হসন্তি চ রুদন্তি চ বিত্তহেতোঃ**
**বিশ্বাসয়ন্তি পুরুষং ন চ বিশ্বসন্তি।**
**তস্মান্নরেণ কুলশীলসমন্বিতেন**
**বেশ্যাঃ শ্মশানঘটিকা ইব বর্জনীয়াঃ॥**

**( মৃচ্ছকটিক ৪ । ১৪ )**

"মখোয় অসিদি ( বেশ্যাশিংসিদি ) মখল-মখা অয়াম্বা উপায় তৌহ্না লুপা লৌনবগীদমক, করিগুম্বা মতমদা নোকই অহ্নগা করিগুম্বা মতম অমদনা কপ্পী, মুপাবু থাজহল্লি অমস্তং মশামক্তি মুপা অহ্নবু থাজদে। মরম অসিনা শাগৈ চাউবা অমস্তং অকন্বা স্বভাব লৈবা মীনা বেশ্যাশিংবু মোংফমগী চফুগুম্না থাদোক্কদবনি।"

বেশ্যাবু থাদোকপা অসিগী মরমদা অর্জুন্না য়াম্না ফজরবা খুদম অমা ঐথোয়দা পী। ইন্দ্রনা কালকেয়নচিংবা হিংচাবশিংবু হাংহন্নবগীদমক মাতলিবু থাহ্না অর্জুনবু ইন্দ্রপুরীদা কৌই। অর্জুন্না ইন্দ্রপুরী য়ৌরবা মতুংদা মাবু পেলহনগে হায়বগীদমক উর্ব্বশী কৌবী অপ্সরাবু ( দেবতাশিংগী বেশ্যাবু ) মাগী মমাঙদা ইন্দ্রনা জগোই শাহল্লি। মতুংদা অর্জুন্না উর্ব্বশীবু হাইরপ য়েংখি।

মদু উরগা ইন্দ্রনা ওস্তাক্তা হায়দুনা অহিংগী মতমদা উর্ব্বশীবু অর্জ্জুনগী মনাক্তা থাহল্লি। অর্জ্জুনগী মনাক্তা উর্ব্বশীনা য়ৌরবদা মহাক্না লাকপা মরম পুম্নমক খঙলদুনা অর্জ্জুন্না মাবু অস্নুম্না হায়—

শৃণু সত্যং বরারোহে যৎত্বাং বক্ষ্যাম্যনিন্দিতে।
শৃণ্বন্তু মে দিশশ্চৈব বিদিশশ্চ সদেবতাঃ॥
যথা কুন্তী চ মাদ্রী চ শচী চৈব মমানঘে।
তথা চ বংশজননী ত্বংহি মেঽদ্য গরীয়সী॥
গচ্ছ মূর্দ্ধ্না প্রপন্নোঽস্মি পাদৌ তে বরবর্ণিনি।
ত্বংহি মে মাতৃবৎ পূজ্যা রক্ষ্যোঽহং পুত্রবৎত্বয়া॥

( মহাভারত বন ৪৬। ৪৫, ৪৬, ৪৭ )

"হে শক ফজবী, নিন্দা তৌনফম ওইদবী! ঐ নঙোন্দা চুম্না হায়গে, নহাক মসিবু তাও। অদুগা মায়কৈ ছাকপা দেবতাশিংগা লোয়ননা মায়কৈ তরামকস্তু ঐনা হায়গদৌরিবা ব্রা অসি ঙাসন্নু। হে পাপ লৈতবী! নহাকস্নু কুন্তী, মাদ্রী অমস্নং শচীগী মতৌঙুম, ঐগী শাগৈবু পোকপীবা ঈমা অমনি, নহাক ঐগী পূজা তৌনফমনি। হে লাইবক ফবী। নহাক্কী খূয়াদা কোক থমদুনা খুরমজরি; নহাক মফম অসিদগী চৎপীখরো। নহাক্তি ঈমাগী মতৌঙুম পূজা তৌনফমনি, অদুগা ঐদি নহাক্না নচাগী মতৌঙুম য়োক্লফমনি।"

মসিনি অফবা মীশিংগী লমচৎ। অসিগুম্বা লমচৎ চত্তুনা লৈরবদি হৌজিকী মতমদস্নু মীওইবনা করিগী চাওখৎলোইদবগে?

হায়রিবা ৱাশিং অসি নুপাদগী নত্তে, নুপীস্থ অতোপ্পা নুপাগা তিন্নদনবা হোৎনগদবনি অমস্তং পূক্লীং শেংনা লৈগদবনি। নত্তবা লমচৎ চত্তুনা লৈরবদি মখোয়না তৌরিবা অফবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম পূম্নমক মাঙগনি হায়বা অসি শাস্ত্রনা তাক্লি—

**দানোপবাসপুণ্যানি সুকৃতান্যপ্যরুন্ধতি।**
**নিষ্ফলান্যসতীনাং হি পুণ্যকানি তথা শুভে॥ ৫॥**
**যা বঞ্চয়তি ভর্ত্তারং যোনিদুষ্টাশ্চ যাঃ স্ত্রিয়ঃ।**
**যোনিদোষাৎ পুণ্যফলং নাশ্নন্তি নিরয়ঙ্গমাঃ॥ ৬॥**
**যোনিদুষ্টস্ত্রিয়ো নাস্তি প্রায়শ্চিত্তং হতৈব সা॥ ১১॥**

( হরিবংশ পুঃ বিষ্ণুপর্ব্ব অঃ ৭৮ )

"পার্ব্বতীনা অরুন্ধতীবু অস্তুম্না হায়—হে ফজবা লমচৎ চৎপী অরুন্ধতী! অসতী ওইবী নুপীশিংগী দান, উপবাস, পুণ্য ওইবা অফবা থবক, পুণ্যক কৌবা ব্রত অসিনচিংবা পূম্নমক অসি মহয় য়ান্দে। মপুরোয়ববু নমথাক তৌদুনা থম্বা নুপীশিং অমস্তং অতোপ্পা নুপাগা তিন্নদুনা লৈরিবী নুপীশিংসি নরক্তা তাই, মখোয় পুণ্য ফংবা ঙমদে। অদুগা অতোপ্পা নুপাশিংগা তিন্নহুনা লৈরিবী নুপীশিংগী পাপ অদু কোক্লবা প্রায়শ্চিত্তস্থ লৈতে মখোয়দি মতম পূম্নমক্তা পতিত ওইদুনা লৈ।"

মরম অসিনা ফত্তবা লমচৎ চত্তুনা লৈবগী মহুত্তা মপুরোয়বা লৈত্রবী নুপীশিংনা ময়ূম অমুক হন্না নাইদুনা লৈবনা ফৈ। মহুদদি দোষ অদুক হাকনা লৈতে, অদুগা ঙম্লবদি পুন্সিচুপ্পা ব্রহ্মচারিণী

ওইদুনা লৈরগা পুণ্য ওইবা থবকশিং তৌদুনা লৈবা অসি য়াম্না ফৈ।

মরম অসিনা শাস্ত্রকারশিংনা লাউদুনা তাক্লি—

**কিং বহুক্তেন লোকেঽস্মিন্ সাধনং যদ্ধি বিদ্যতে।**
**ব্রহ্মচর্য্যে তু তৎসর্ব্বমন্তর্ভবতি সর্ব্বথা ॥ ২৮২॥**
**যথা গজপদে সর্ব্বে পাদা অন্তর্ভবন্তি হি।**
**নৈতস্মাদধিকং কিঞ্চিদ্ ব্রহ্মচর্য্যাদ্ধি বিদ্যতে ॥ ২৮৩॥**

( আত্মপুরাণ অঃ ১৪ )

"য়াম্না হায়রুরগা করি কান্নগনি? সংসার অসিদা লৈরিবা সাধন ( উপায় ) পূম্নমক অসি ব্রহ্মচর্য্যগী মনুংদা চনবা ঙাক্কনি। শামুগী খোঙ্গুন মনুংদা অতোপ্পা জীব পূম্নমকী খোঙ্গুল চনবগুম্না ব্রহ্মচর্য্য অসিদগী হেন্দোকপা উপায় অমত্তা লৈতে।"

লোইরবা

## অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৩ | ১৬ | থিংজিনগবনি | থিংজিনগদবনি |
| ১৬ | ১১ | অয়স্নুং | অমস্নুং |
| ১৭ | ১ | পূণ্যমবধূত্তেন | পুণ্যমবধুত্তেন |
| ২০ | ২০ | প্রসদঃ | প্রমদঃ |
| ২১ | ৯ | কর্য্যাভ্যাং | কার্য্যাভ্যাং |
| ২১ | ১৩ | অচার্য্য | আচার্য্য |
| ২১ | ২২ | ব্রহ্মণাঃ | ব্রাহ্মণাঃ |
| ২২ | ১৩ | ব্রহ্মণাঃ | ব্রাহ্মণাঃ |
| ২৪ | ৩ | স্বাদারেষু | স্বদারেষু |
| ২৪ | ২১ | চতূর্ভিরিতরৈঃ | চতুর্ভিরিতরৈঃ |
| ৩২ | ১৭ | মপুরোইবা | মপুরোয়বা |
| ৩৫ | ৯ | শ্মশানঘঢিকা | শ্মশানঘটিকা |



## জ্ঞান মন্দিরগী কার্য্যকারী সমিতিগী সদস্যশিং :—

১। ডাঃ খাওবম বারুণী সিংহ, প্রেসিডেন্ট
২। ডাঃ কে, বিনোদ কুমার সিংহ, সেক্রেটরী
৩। শ্রীঅকৈবম ভগীরথ সিংহ, এসিস্টেন্ট সেক্রেটরী
৪। শ্রীনোংমৈকাপম যদু সিংহ, ট্রেজরর
৫। শ্রীলাইশ্রম মণি সিংহ মেম্বর
৬। শ্রীমণিসনা শর্ম্মা, শাস্ত্রী ,,
৭। শ্রীঅধিকারীময়ুম জিতেশ্বর শর্ম্মা ,,
৮। শ্রীলাইশ্রম রিপুঞ্জোয় সিংহ ,,
৯। শ্রীতিকেন্দ্র ঙাঙোম্বা ,,
১০। শ্রীনিংথৌজম নোদিয়াচান্দ সিংহ ,,
১১। শ্রীওইনাম মঙ্গী সিংহ ,,
১২। শ্রীখুন্দ্রাকপম ছত্রাজিৎ সিংহ ,,

## অথন্নবা বার্ত্তন তৌবা মীওইশিং

১। শ্রীলাইশ্রম নীলচান্দ সিংহ
২। শ্রীলাইময়ুম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা
৩। শ্রীনোংথোম্বম ধর্ম্ম সিংহ

মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মতেং য়াওনা

কোঙজবা।

---

স্বামীজীগী কোঙলবা লাইরিকশিং :—

১। ভক্তিগী লম্বী

২। জ্ঞানগী লম্বী

৩। ব্রহ্মচর্য্য

৪। কর্ম্মগী লম্বী

৫। গীতা —কোঙগদৌরিবা।